কোংজবী—
এল: দেবরাণী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম।

অহানবা খুংনম ১৯৮৮ ই
কোপী মশীং ১০০০
মমল লুপা ১৪/-




মক্ষম—
দেবলা প্রেস,
পাওনা বজার, ইম্ফাল।

ফংফম—
দেবলা বুক স্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

ড্রামাগী লাইরিক মচা অসিদা য়াউরিবা ৱারী অসি পঞ্চতন্ত্রদগী লৌথোকচবনি। মসিদা য়াউরিবা পাত্র-পাত্রীশিং অসি শা ঙাক্লনি। শাশিংনা মীরোল ঙাংহুবা উৎপা অভিনয়বু অঙাংশিংনা পাম্মৈ। অতুগা মখোয়না অভিনয় ওইনা য়েংবা নত্রগা লাইরিক ওইনা পাবদা মতুংদা য়াউরিবা পাউতাক লৌশিনবদা লায়না থোকনি খঞ্জে।

নাটক অসি শান্নবা নত্রগা পাবা মতমদা ৱাকম অসি নিংশিংবিগদবনি মতুংদি, পাত্র-পত্রীশিং শা ওইরবন্নু শম্না হায়রবদা অঙাংশিংনা শা মমাই উপ্লগা শান্নবনি খনবিগদবনি।

ড্রামা মচা অসিদগী নৌরিবা অঙাংশিংদা কান্নবা খরদং পীখা ওন্নবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খল্লগনি।

লাইরিক মচা অসিবু চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন (ড্রামা) ১৯৮৭-৮৮ ইংদা মণিপুর সরকারগী ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা অনিশুবা মমা পীবিরকপগীদমক ভৌবিমল খঙবা উংচল্লি।

—অইবা

# লীলাদা চংগদবা পাত্র-পাত্রী

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পিঙ্গলক (নোংশা) | নিংথৌ |
| ২। | সঞ্জীবক (ষণ) | নিংথৌগী মরুপ |
| ৩। | কম্বটক (লমহুই) | দমনককী মরুপ |
| ৪। | দমনক ( ” ) | বড় মন্ত্রী |
| ৫। | কৈ | মন্ত্রী |
| ৬। | শওম | |
| ৭। | লমওক | ” |
| ৮। | কৈশাল | ” |
| ৯। | গর্ভপুৰী গধা অযোম | |
| ১০। | অগোই শাবা-শাবী (শজি) | |
| ১১। | ঈশৈ শকপা শকপী (খেব) | |
| ১২। | অকা-মচা (য়োং) | |
| | অতৈ শাশিং। | |

# মরুপ কায়নবা

## অহানবা অঙ্ক

### ১বা দৃশ্য

উমংনি। ঈশিংখোং অমা লৈ।

শাশিংগী নিংথৌ পিঙ্গলক কৌবা নোংশা চংলকই।

ক—ঐ উমং অসিগী নিংথৌরেননি। মফম অসিদা লৈরগা শা পূম্নমক্না ঐবু উবদা থক থক নিক্না কৌনরিবনি। লমচ্ছেনবা শা অমত্তা লমদম অসিদা লৈবা ঙমদে। চাউরবা শাংজাও শামু লমশা ফাওবনা ঐবু উবদা খুকউ লৈতানা খুক্লিবনি। মাহৈকে সোমদা চহি মচা-তরা অসি শামাগ্রবা কনা লাক্তবনা ঐগী ইপ ঙল ইথেনা উংথোক্লবা খুদোং ফংদ্রে।

(মতম অসিনা কৈনা ঙংলকপা অহুগা গাধানা পাধংনা খোংলকপা তারকই।)

পিঙ্গলক—(মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংলহুনা) কৈ অমনা গাধা অমবু মঙক্তা খৌরি থাংহুনা চিংহুনা মাইকৈ সোমদা পুরক্লি।

(কৈ অমনা গাধা অমোম অমা চিংহুনা পুশিল্লকই)

গাধা অমোম—পাঙ্গল শোল্লবী গাধা অমোম ঐবু থাদোকপিয়ু। ঐবু হাংপিগন্নু।

কৈ— তুম্মিন লৈয়ু অপঙবী। নঙবু ঐনা মফম অসিদা পুরক্লিবসি ঐখোয়গী ইনিংথোদা কংকে হায়হুননি।

(নোংশা লৈরম্বা উহুনা খুমাং অ ন লোয়হুনা খুরুম্লগা।)

মহারাজ, ননাইনা ব্রানা হোৎনজহুনা পুজরক্লিবা খুদোলপোৎ অসি অমুক্তা মিংয়েং তাবিয়ু।

পিঙ্গলক—য়ারে, য়ারে। থনম্মো, নঙ চৎচখিবা য়ারে।

(খুরুম্লগা কৈ থোকখ্রে। গাধা অমোম থক থক নিক্লা খুমাং অনি লোয়হুনা লৈ।)

গাধা অঃ—মহারাজ, মনাই ঐ মীরোল্লিবী কুম-থা শুরক্লবী গাধা অমোম্নি। ননাইবু চানবিদ্রবন্নু পুক্তগী লাব-অমোম মশক খঙদ্রিবা অসিবু নুংশিবিহুনা ঐবু থাদোকপিয়ু।

পিঙ্গলক—হঁা হঁা হঁা— থাদোকপিবা! পিঙ্গলক্না চিঞ্জাকপু থাদোকপিবা। মহু ওইথোক্তবনি। ঐগী চিঞ্জাক ওইবা কংজরবদি নঙ পোকপগী মহৈ য়াল্লগদবনি।

গাধ অঃ—ইবুংঙো মহাক্তি শা পুম্নমক্কী মপী-মপা শরুবা ইনিংথৌনি। সনা-মাংদা রাশক্তুনা হঙ্গৎচরিবসিনি—পুক্তা লৈরিবা ইচা অসি তাইবংপা'ন হেক যাওরকপগা ইখোঙনা থোংনা ঐ মহারাজগী সনা-নাক্তা লাকচগনি। মহু ফাওবদদি ননাইবু হাংপিগনু। (হিক হিক কপ্লকই।)

পিঙ্গলক—নঙগুম্বা চিঞ্জাক্লা অম্মুয়া কুপশিন-লাউশিন্নবা কয়া কয়া থেংনগ্রবনি। মহু উবদা ঐগী কল্লবা থম্মোয় থোংল্লকনি খনবা অয়েম্বা রাথলনি। মহুগী শরুকপুদি শিননবা শেম-শারো।

গাধা অঃ—নস্তে, মহারাজ! ননাইবু ঙাকপিয়ু।

(পিঙ্গলক্লা হঁা হঁা হঁা নোক্তুনা গাধা অমোম্বু শ্রো শ্রো চিংহুনা মপালদা পুথোকখ্রে। নোংশানা ঙংহুনা শারাক তম্বগী মখোল—লোয়মমা গাধানা খোনফম কায়না হৌনা অমুক্তং খোংলকপা তাই। ময়ম মরক্তা নোংশানা ঙংলকপা তাই। ঙাইহাক লৈরগা পিঙ্গলক মচিন্দা ঈহিং-নাহিং তৈনা চংলকই।)

পিঙ্গলক—(মপুক নাল্লহুনা) কৈনা কংলম্বা থুদোল-পোং অসি ওম্থোক্লা মহাও লৈখ্রে। অসিগুম্বা চিঞ্জাক অসি নুংতিগী চাবা ফংলবদি নুংঙাইগ্রগনিদা। মরেক-মহাও ওম্থোক্লা ফনখ্রে। অহুনা ওইরমাল্লে ঈশিং যাম্না থৌরাংই।

হৌজিক ঈশিং খুজোক অমত্তং থকপা ফংলবদি পেন্না-
থ্রগনিদা।

(মমাই লৈহনা কোইয়েং য়েংলকই)

(মতম অসিদা নুংলক্তা চেল্লিবা খোংগী ঈশিংগী ত্রোং
ত্রোং লাউবা মখোল তারকই। করটক অমসুং দমনক
কৌবা শমজুই অনি চংলকপম রুবা নোংশা লৈবা
উঠুনা কীনা তুপ্পিন্না মতুং হন্দুনা থোকখি।)

পিঙ্গলক—ওঃ, অসিদা ঈশিং-খোং অমা লৈরেবনা মসিদ ঈশিং
পেন্না থকলুরগে।

(পিঙ্গলক ঈশিং-খোং মনাক্তা চংশিল্লগা লুকথহনা ঈশিং
থক্লদবগী তৌরকই। মতম অসিমক্তদা মপালদগী মগ
লাবনা মখোল য়াম্না হৌনা নিঙা খোংলকপা তারকই।
মতু তাবদা পিঙ্গলক কীবনা মমিং-মনা চপ য়ুংখ্রে।

পিঙ্গলক—করম্বা শাবু ওইরিগবা—খোঞ্জেল শাথীনা য়াকথ্রেদা—
উমং অসি কাওবা থক থক হেক নিকই! নত্তে, মফম
অসিদা অমুক পন্থবা চুমদ্রে। অরেম্বদা ইথরায় মা হনা
তোক্কনি।

(তুং-মাং হন্না হন্না য়েংতুনা য়াম্না কীখি-কীকুম্না থোকখি।
অতোপ্পা মাইকৈদগী করটক অমসুং দমনক চংলকই।)

দমনক ভাই করটক, নিংথৌগী ফিভম উবৌরেদনা?

করটক—হোয় ।

দমনক—অসিগুম্বা অমুক খুদোংচাবদি তুংদা পাক পাক ফংলোই । নিংথৌবু তাক্লা অসিদা মপুক পেনহনবা ওয়বদি ঐখোয়গী লাইবক অমুক হল্লকনি ।

করটক—অদুবু ভাই দমনক, ব খল থরা থস্থনা থবক তৌবা ইফ । নত্রবদি অরেম্বদা থরায় মাংহনা তোকহ্রা চিংবৈ ।

দমনক—মন্ত্রীগী মচানা অদুক য়ম্না হৌনদে । মহাক্না ঐখোয়বু থোগক্লোন খঙদে, থকসি-খাসি নাইদে হায়দুনা শা চোম্না ত ল্লবা সভা ৎমাংদা ঈকাইবা পীদুনা তাম্হোরকখিবা অদু কাম্বিরগ্রা ?

ক ৎথক—কাউদে, মহ পুন্সিগী কাউবা য়াগদবা রাফম মতো । অদু ওইরবস্থু মহাক্ত লৈবক্তা নিংথৌনি, অদুগা ঐখোয়সি পাঙ্গল শে নবা শা মচানি । অদুনা তুম্মিন্না নুংঙাইতব কয়া থাংজবা নঙনা ঐখোয়গী উপায় লৈতে ।

দমনক -ঐখোয় অপিকপা শা ওইরবস্থু শাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী শিবা শানি হায়না শিংথান্দ্রবনি । অদুনা লেংশিং অমা কৌদুনা অপঙবা নিংথৌ অসি ঐখোয়গী ইথুং চম্নবা হোৎনগন্নবনি ।

করটক - অদুবু ভাই, নহাক্না অসি হায়বদা মীগী মথৌদা মথৌ শাদুনা হৈপা শাক্লবনগী লমহেনবা থাং অমনা তাখিবা দশা অদু থঙনিং নিংশিংলকই ।

দমনক—কমদোনা লমহেনবা য়োং অহু করি ভৌরুবদগী করি দশা তাখিবগে শেংনা তম্মু।

করটক--অহুদি লিরগে তারো,— য়োং মমৈ চপ্পগী বারী।
"নোংমা য়োং সঙ্গু অমা বাগান অমদা চংলম্মী। মখোয়না খোংবা অহুগা চোং-কন্দুনা শান্নবদা মকম অহু ইনিল নিল্লম্মী। মহুদা হোরাই খায়কখ শগাইদা খায়বা হৌগংলম্লবা উ বিম অমা লৈরম্মা লমহেনবা য়োং অহুনা উরুরে। বিম অহু তখায় অমরোম হেরাই খায়রে শীংচেপ য়ৈহুনা লৈ। মহু উবদা মহাক উথক্তগী উ বিম অহুগী মথক্তা চোংথরক্লুনা ফম্লে। অহুগা শীংচেপ য়ৈরিবা উ বিম অহুগী অংহোবা কারক অহুদা মমৈ খিংজিন্দুনা শান্নরম্মী। মহু উবদা অতৈ য়োংশিংহুনা মাবু খান্নম্মী। অহুবু লমহেনবা য়োং অহুদি মখোয়না খান্ন-খান্নগা তাওশিন্নবা হেল্লম্মী। মহাক্তা অথঙ-অহৈ শাহুনা শীংচেপ অহু কন্না নোমহুনা শত্তোকলুই। মহুদা ক্রেক ক্রেক লাউবা মখোল থোরকই। মহুগা লোয়ননা লমহেনবা য়োং অহুগী মমৈ চপখি। অহুগী মতুংদা মহাক্তা চপ্লিবা মমৈ অহু লৌথোক্লুবা কন্না হোংনৈ, কন্না লাউ-খোংনৈ— অহুবু করিস্থ কায়খিদে। মহাক ঈহিং-নাহিং শাহুনা হৈ-পা শাক্লবগী মহৈ ওইনা য়াম্না বানা মথবায় থাখি।"

মসিননি থবক অমা তৌগে থল্লবদি মহুগী অফ-ফত্ত হান্নবা মূন্না থল্লগা তৌবা কৈ হায়রিবসি।

দমনক—নহাক্না হায়রিবহ্ অচুম্বমক্নি। অহুবু ঐদি অপঙবগী মতৌগুম অয়েম্বদা ইপাঙ্গল ময়েং ভাহল্লোই। লৌশিংগী পাম্বিনা থবক পাংথোক্নবা হোৎনগনি। ঐনা করি তৌবগে নহাক য়েংউ।

[ থোকখি ]

—মৈ মুৎপা—

## ২শুবা দৃশ্য

স্নকুং মমুংদা রাজ-দরবার চোগ্না তৌল্লি। নোংশা নিংথৌ মাইথোং মক্না আসন্দা ফম্লি। অঙম-অথৌ পুন্নমকস্নু মাইথোং লুকচান্নে।

পিঙ্গলক—উমং অসিগী অঙম-অথৌশিংনা ঙসিগী থোংদৈ অসিগী মরিদা য়াম্না কুপ্না থন্নবিরগা করি তৌশিংগে হায়বগ লেপ্লরিয়ু।

শঙম—মহারাজ, অকী-তুজুং ফংলবা খোঙ্গেল অহু ননাই ঐস্ন তাজহৌই। অহুবু করম্না শাথীবা হিংচাবগুম্না শা ওইরমগদগে হায়বদি থঙবা ঙমজদে। খোঙ্গেল অহুনা অহুক কল্লবনিনা শোয়দনমক তমথীনা শাজাও অমদি ওইরমগদ্রা চিংনৈজে।

দমওক—ফনা চাউবা শানা লান্দারকপস্নু ওইসনু, উমং অসি নিংথো পান্দবা নগে। মরম অসিনা ঐখোয় মহাক্না লান্থেংনহুমা ইরৈবাক কনব। ঙমত্রা অমুক্তং হোংনহুনা য়েংভনিংই।

কৈ— অরেম্বদা মীশি-মীনা খোকহনবনা কাম্নবা লৈতে মহারাজ। ঐগী অপাম্বদি ঐখোয়না লানবল অসিবু মপাঙ্গল কলহনবতনা ঐখো'য় পুন্নমক্তা য়া'ইফবা ওইগনি। অরেম্বদা খংন-?চনবা অমদি হাংন-শুমবগী কন্নিমত্তা কান্নবা লৈতে।

কৈশাল—ঐগী মরুপ মশ্বী থরনা হায়বিত্ত্রিবশিং অসিনা কল্পিগুম্বা থবক অমত্তা পা খোকপা য়াগনি হায়বা থাজবা শুমদে। ঐনা পামজবদি মতম শরগী ওইনা ঐখোয় অত্তোপ্পা মফম অমদা নাথৈন্নুনা লৈক্কবনি। অদুগী মতুংদা প.শুবশিংগী মত্তোগুম শক্তি হেনগৎকল্লগা হিংচাবগুম্বা শা অহৃগা লাম্হৈংনরব্বদি অফবা মঁহ ফংগত্রা থক্তে।

(অ?ত শা ময়'ম্না "মহুনা কৈ, মহুনা কৈ" হায়না লাউনরকই। মতম অসিদা লমহুই দমনক চংলকই।)

দমনক—(খুকউ লৈ?ানা খুরুম্নগা মগুং লোম্নহুনা) মহারাজগী ভয় ওইসমু, য়াইফবিরি হায়না আশা তৌ?জ,

পিঙ্গলক—য়া'ইফরিবনু কদায়নো দমনক?

দমনক-(শুক্কা) কবি তৌরবগে মহারাজ?

পিঙ্গলক—মতম অম্মুক কুইনগী তুংদা লমদম অসিদা শাথীনা থুদোংথীবা অমা থুংলরে।

দমনক— করিমত্তা' থওদগী মও' উ'তুন ) ওরি য়ানো, থঙহৌদনা অম্বুম্না তাকপিরিবসিবু করিগনো মহারাজ?

পিঙ্গলক—তাও দমনক, উমং অসিদা হৌমথীরবা শা অমা লাক্লে। থত্রগী মতৌগুম য়াক্লা। মাগী মখোলমা ঐবু মীপাইহল্লে।

দমনক—(য়াখল তৌনা) অতুক য়াক্লা খোংলিবা শাতু করি শানো অতুগা মহাক্না মপাঙ্গল মথৌনা কয়া য়াম্না লৈবগে হায়বা খঙনবিরব্রা?

পিঙ্গলক—মখোলতনা উমং থক থক নিকই, অতুনা মপাঙ্গল মথৌনাগী য়া অমুক থগ্রক্লিংঙাই লৈতে।

দমনক -সেনাপতিরা কনানো অমা থারগা মাগী মরি-মথোঙ থিজিন-হুমজিলহনবিক্রুরব্র।?

পিঙ্গলক—থিজিন-হুমজিনবা। মতুদি লায়রতুনা কম্নাইবা পুম্নমক সিদা পুল্লপ তাশিন্দুনা মশা থক-থক নিক্কুন লৈনরিবা অসিনি। অতুনা লম অসিদা ঐখোয় লৈরম্নুসি হায়না লেপ্ররম্লিবনি।

দমনক—মহারাজ, করিমত্তা চিংনবিক্রুগনু। ইনিংথোগী অপাম্বসি থাদোকপিবনা চুংগদ্রা থঞ্জে। শাস্ত্রনা হায়রি, লমন, মৈ, লাইথুং অতুগা য়েক্রুবা মথাক থমফদে। অতুবু হকচাংগী পাঙ্গলতনা মতম অয়াম্বদা থবক পাংথোকপা ঙমদে। মতুগীদমক অথোইবা লৌশিং চংই। অথোইব

লৌশিংহেনা লৈবাক্কী ঙাক্লোনগী অথৌইবা থুংলমনি। পাঙ্গলনা মায়োক্নবা ঙম্মোইদবা মহাক অদুবু লৌশি হেগী পাঙ্গৈনা মাংহনবা অচুম্বা রাজনীতিনি। অদুগা শাস্ত্রদা অস্থুম্মু হায়রি — অথৌইববু থুরুমহন", মপাঙ্গল কনববু কায়নবা থৌওং শিন্দুনা, হঙ্গববু শেল পীদুনা চপ মান্নবা য়েক্নবনু শক্তি পীদুনা লাকশিনগদবনি। মরম অসিনা খোংলিবহু কনানো, অদুগা মাগী শক্তিনা কয়া য়াম্না লৈবগে, মহু থঙদনা হেক্তা কররিমত্তা ঙৌবা চুমদে। হায়রবা লৈ, থবক থৌরম থুদিংমক্তা তপথনা পুক্রিং লৈত্তানা থম্বগা হোৎগদবনি, মহু নত্রবদি থোঙথোং খুদিং খুদোংথীনিংঙাইহেনি। মতাং অসিদা ইনিংথোগী য়াথং ফংলবদি বারী অমা লিংজগে।

পিঙ্গলক—লিয়ু, তাঁস।

দমনক—অদুদি বারী হৌজরগ তাবিয়ু,— "বিন্ধ্য চীংগী অচিকপা উমং অমদা গোমায়ু কৌবা নমহুই অমা লৈরম্মী। অহিংদা 'থোং' 'থোং' লাউবা মখোলদা মহাক তুম্বা কায়রম্মী। মরক ময়ক্তা থোং থোং লাউবা মখোলহু হন্না হন্না ত'রম্মী। কররিগুম্বদা তপ্না, কররিগুম্বদনা কন্না তাই। মসিবু ভূত-প্রেতনা তমুবা হায়বহন্না! কনা কন্না হোৎনহন্থু গোমায়ুনা মহুগী কররিগুম্বা মরম অমত্তা থরবনা লাম্বা ফংলমদে। অহুনা ভূতকী শামবুং

ওইরবা উমং অসি থাদোক্লুনা চৎপনা ফরে হায়না মহাক্না লেপ্লম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক্না খল্লকই. নত্তে, করিদগী মখোল অসি থে রক্লিবনো হায়বা অমা খঙদোকপা হায়বদুনি। অস্লুম অদুম অঙিং চৌখিদুনা নোং ঙাল্লকই। মতম অদু ফাওবা অরেপ্পা লৈতন মরুক মরক্তা মখোল অদু তারম্মী। মহাক্না মখোল অদুগী মতুং ইন্না খরা চৎপদা অচৌবা ঢোল অমা উথাদা লৈরম্লা থেংনরম্মী। মুংশিংনা হুপ্লকপদা উশানা ঢোল অদুগী মমাইদা হেক হেক থেংই। মদুদা ঢোলদগী ম খ ল হেক হেক থোক্লকপনি। গোমায়ুনা চংশিল্লগা ঢোলগী মমাই অদু মচেৎ মচেৎ তানা শেগায়রম্মী। অদুগা মহাক নোক্না নোক্না মকোলদা হনখি।" মহারাজ মরম অসিনা হায়জরি বসিনি, য়ায়ম্না মুম্না খঙদ-উদনা ইরেবাক থাদোক্লুনা লেংবিগনু।

পিঙ্গলক–নঙনা হায়রিবদু লাল্লি হায়বদি নত্তে। অদুবু অদুক তমথীবা কংনা ঙংদুনা খেংলিবা অদুগী খোঙ্গুল লিকং বগী খোনা কনাগীসু লৈত্তে।

দমনক—মহারাজগী য়াথং কংলবদি ননাই ঐ চৎচক্নগে।

পিঙ্গলক—নত্তে দমনক, নঙ চৎপ য়াদে। নঙগুম্বা মগুণ লৈবা লৌশিং চাউবা অমা মাংজবা—মদু ঐ পামদে।

দমনক—(মাইথোং মকা লায়া) চিংনবিরুগনু মহারাজ, ঐহাক অপিকপা শা ওইজরবসু ইনিংথোগী মন্ত্রীগী মচানি।

ফনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা শাম্ভু ওইজরমসন্নু, লৌশিংগী মকমদদি মহাক মাইথীগদবনি। করিগুম্বা দরকার লৈরবদি মহাক্কা মরুপ শাননবা ঐনা শিজগনি।

পিঙ্গলক—মুংঙাইরে, য়াম্মা মুংঙাইরে, মহুমকপু শিনবা ঙম্মবদি ঐনা নঙবু মপ্পী হাপ্পিগনি।

(দমনক নিংথৌ থুকম্মম্নগা থোকখি। ময়াম্মা মাবু য়েংনহৌই।)

—লৈ মুৎপা—

# ৩শুবা দৃশ্য

নাল্লী-শীংবা ইশং শংনা হৌবা লমহাংনি। য়াম্না নোয়-পেনবা সঞ্জীবক কৌবা ষণ্ড ল'বা অচৌবা অমা উক্রমদা শগুপ শায়রি।

সঞ্জীবক—নিল-খোংবা সহরগী য়াইফকোন্দা মীগী মীনাই ওইদুনা লৈরিঙৈদদি অস্থুম নোংমত্তা কাওবা ইপুক থম্না অশং-অমান চাবা ফ লমদে.— ঙাইহাক্তা চনিং তানা পোখাবা ফংদে। অদুবু লৌজিক্কি অচিকপা লমহং অসিদ. ইনাং ভৌনা শজিক হাম্নৌ চাবা ফংজরে। মসিনি নীংতম্বা পূন্সি হায়বদু। (ঙাইহাক ভুম্মিন্না লৈরগা) অদুবু মফম অসি জঙ্গল য়াম্না নকু' লৈ। কনানা খঙগনি. নোংশ. কৈ, শওবনচিংবা শা হিং চাবা তমথীবা শা কয়া মসিদা লৈরম্বা য়াই। নোংমা শাহিং চাবা 'শা ইখঙ খঙদ্রৌদনা লাক্কুনা— নত্তে নত্তে, ঐগী ৱাখল লাম্লে। শাহিং চাবা শা লৈরবদি নহাক্না লাক্কুনা ঐবু শারাক তমগ্রগদবনি। অরেম্বদা থবায় হাকুবগী কাম্নবা লৈতে। অমবু ওইরবস্থ মীগী মীখা পোন্দুনা লৈবদগীদি সিদা নীংতম্না লৈবা অসিনা কৈ। আদা লৈরিঙৈ মতমদদি সুমিং চুপ্পা

ঙাইহাক্তা পোথাদবা মথৈ থবক বানা বানা শুংলি। অদুগা শজিক্কি চাং তমদুনা থজিক থজিকং পীজে। করিগুম্বা বারোইদুনা থবক শুবদা হাইকেংতং মাংগী তৌরুবা খোক্রুবদি মুংশি হৈতবগা লোয়ননা মঁ' মখোয়না ঐবু থবং থবং তংপমথৈ শাটনা ফুই। ওঃ হে নহেদা মীগী মীনাই ওইবা হায়গনি।

(মতম অসিদা দমনক মাগী মনক্তা চংলকই।)

দমনক—মহাশয়বুদি করিগুম্বদম্ সাইকৈ সে'মদা উথিদ্রবা হায়না থল্লি। কদায় লমদগী লাকপিবনো। অদুগা মহাশয়গী মিংনা কয় কৌবিবগে তাকপিয়ু?

সঞ্জীবক—ঐগী মিং সঞ্জীবক কৌই। মহিলারোপা সহরদগী লকচবনি।

দমনক—অদোম্না অচোবা সহর অদু থাদোক্তুনা লমহাংসিদা করি কমদোহ্না লাকপিরিবনে হায়বা খঙজবা য়ারোইদ্রা?

সঞ্জীবক—অদোম্না ঐগী হৌথিবা ৱায় তাবিনিংলবদি তমজগে। ঐহাক মহিলারোপা সহরগী মমিং চংলবা ললোনবা বর্দ্ধমানকা গাড়ী-ষণ ওইদুনা লৈরম্মী। মোংমা মহাক্না ললোনপোং পুদুনা ষণগাড়ী কুমলোম যমুনা তুরেল তোর্বানগী লম্বী অসিদা লাকই। হায়রিবসি থা অ-রোমগী মমাংগী বনি। অসুম লাক্লুনা মকম অসি

য়ৌরকপদা মকম ইথঙ খঙহৌদনা ঐগা ঐগী ইভাও মঙ্গেবীগনা চিংলিবা পাড়ী অহুগী চাকা নাম্বা তেক্লম্মী। মহুগা লোয়ননা পোং লুম্না হাপ্লা পাড়ী অহু ঐগী ইথক্তা খঙনন ননথরক্লনা ঐ খোঙ লৈথেক্লম্মা ভুরম্মী। মহুদা ঐগী য়েংথংবা খোঙ অসি তেক্লম্মী। ইথক্তা নল্লিবা পোং ময়াম অহু লৌথোক্লগা পাড়ীৱালানা ঐবু হৌগংহল্লবা কয়া খেমহুনা কয়া ফু-ৈচহুনা কনা কয়া হোংনৈ। অহুবু ঐদি শাথীনা খোঙ তেক্লবনিনা হৌগংপা ঙমখিদে। মতম অহুদা ঐ কয়াদা খাংঙম-খিত্রবা! খোঙ তেকপগী চৈনাখোল খাংজবা ফংওবা ৱানা খোক্লিৈঙ মতম অহুদা হৌগংলু য়াদে হায়হুনা ঈ খোকপমখৈ ঐবু মখোয়না ফুই। মমৈথংদা উপায় লৈত্রহুনা মখোয়না অতেকপা মগপ.ড়ীদা হাপ্লম্বা পোং-চৈ পুম্নমক অতৈ গড়ৌশিংহুদা খরা খরা চাইখোক্লনা হাপখি। অহুগা ঐবু মকম খঙদবা লমদম অসিদা ইতোমদা হুন্দোক্লমহুনা মখোয় চংখি।

( মণী ঈৱা চেল্লকই )

দমনক—ঙাইখো মহাশয়, মাগীদমক্তা নহাক্তা অহুক কয়া ঙ-মোম্লিবা মপু অহুনা নহাকপু লাম্নেংখিনবা করিমক্তা হোংনখিদত্রা?

সঞ্জীবক—হোংনখিদে। মপুক্লিংদা খনবা কাওবা খল্লমদবা য়াই।

দমনক—করে, চংপা ত্তমত্রবস্থ করিগুম্বা উপায় অমা তৌহনা মহাক্না নহাকপু পুননবা কোংনবিখিত্রা ?

সঞ্জীবক—কদায়দগীনোদা মহাশয়. মৈ ওইবনা শা ঐখোয়বু অহক হাক্না সুংশিবিবা পোং না৺ত্তদা । থবক শিজিন্নবা সুংঙাইবা অকনবা যগ অমা মাংজরে হায়হনা থরমখৈদি মথবায় সুংঙাইখিদমাক্লে ।

দমনক—অতৈ যগ লাবশিংহনস্থ নহাক্কী মতেং করিমত্তা পাংখিদত্রা ?

সঞ্জীবক কদায়দগী ইতেং পা'ন ঙম্লগনি মখে য়না ! মখোয় মখোয়মু ঙাক শেল্লিবা গাড়ীবালাশিং অহুনা মখুংতা শাঙৈ অমমম পায়হনা শেন্নরিবনি। ঐগী ইতেং পা'নবা কোংনক্লখদি মখোয় অরেম্বদা চৈ চাহনা তে ক্বানি। অহুবু মতম কুহনা পোংপা ওইনা থবক শুমিন্নবক্লবা, চামিন-থকনিন্নবক্লবা, যঙ্গোল কা অমত্তদা য়ারেকমিন্ন-বক্লবা ইতাও মঙ্গেবী অহুনা খোঙ তেকপা মকম অহুদা হম্না হম্না মরৈ লেকপিহুনা ঐবু থে ন' হাপ্লিখি। অহুবু পাডৈবালা অহুনা ইরোল-মরোল তৌন্নদনা মাবু শাকৈনা কয় কনখি। উপায় লৈত্রবা ইতাও অহু কপ্না কপ্না ঐবু চিংনা চিংনা য়েংলহনা চংখি। মহাক্না ঐবু মতৌ অহুম্না ক্ষুন্দোক্লমহনা চংপা ওহদহনা ঐগী ন.ক্তা লৈশিন্দুনা লৈবা অহু উরগ। মশাগী ওইজবদা খিয়বা মীওইবা

মখোয়না মাবু ফু ফুহনা ইনাক্তগী পুখোকখি। ইত্তাওগী রাকম অসি হেক নিংশিংলকপদা থম্মোয় অসে হেক্তা পুওম্লক্তে মহাশয়।

দমনক—মহাশয়গী রারী ভাবদা পুক্লিংসে ইনৌ নৌরকই। খোঙ অহুদি অহুম ফরক্রা?

সঞ্জীবক—যমুনা তুরেলদগী শিংকংলকপা অশেংবা মুংশিংনা য়ৈরবা অহুগা নিংখিনা পোত্থাবা ফংবদগী খোঙ নাবা অস্নুম অস্নুম ফগংলকই। হৌজিক্তি মপুং ফানা ফয়ে, চেল-চোংবা ওয়ে।

দমনক—অদোমগী খোঙ নাবা ফয়ে ভাবদা য়াম্না মুংঙাইজয়ে।

সঞ্জীবক-মহাশয়গী পরিচয় খঙজবা য়াগদ্রা?

দমনক—( মথৈ কোনশিন্দুনা ফম্লপা ) ঐ মকম অসিগী শা-নিংথৌ পিঙ্গলকী মন্ত্রীনি, ইমিংনা দমনক কৌই।

সঞ্জীবক—লম অসিগী অঙম-অখৌশিংগা ওসি শকখঙ মাইখঙনবা ফংজবা অসিদা ঐ য়াম্না মুংঙাইজয়ে।

দমনক—মহাশয়বু কৈদৌঙৈ অমুক সহরদা হনবিগদগে?

সঞ্জীবক—লমহাং অসিগী অশং-অমান চাহুনা লমদম অসিদা অস্নুম লেল্লগে হায়না খল্লে।

দমনক—লম অসিদা লৈবিবা তাররদি থরা চেকশিনবিয়ু। উমং অসিদা শাহিং চাবা ভমথী ভমথীরবা শা য়াম্না লৈ।

সঞ্জীবক—এঃ, মহুবু অচুম্বরা? ঐনা মকম অসিদা অম্মুক কুইনা লৈরকপা অসিদদি কনাগুম্বা শাহিং চাবা শা অমত্তা উদে। অহুনা মতম অম্মুক কুইবসি মুংঙাইনা কন্নিস্থু চিংনবা লৈতনা লৈরম্লিবনি। হৌজিক থঙলে, মকম কদায়দস্থ মুংঙাইবা লৈতে।

দমনক—ঐগী ঝা লৌরবদি মুংঙাইনা মকম অসিদা লৈবা য়াগনি কনানস্থ অদোমগী মাংননবা তৌবা ঙম্লোই।

সঞ্জীবক—মরুপ নহাক্না তাকপিবা অহু ঐ ইঙ্গনি। নহাক্না ঐবু খুদোংথীবা অসিদগী কনবিয়ু।

দমনক—(নোকক্ষেং তৌরগা) ঐঙোন্দা মরুপ হায়না কৌরবমিনা নহাক্না চিংননিংঙাই করিস্থু অমুক লৈত্রে। পুন্নমক য়াইফনবা ঐখোয়গী নিংথৌগা নহাক্না মরুপ শামহল্লগে হায়ববু করি হায়বগে?

সঞ্জীবক—(নুংশা মপী হোল্লগা) মহাক্না অস্থুম্না থৈ থনবহু ঙৌ মরুপ, ঐদি নঙোন্দা চংজরবনি।

দমনক—য়েংউ মরুপ, নিংথৌগা মরূপ শানগ্রগা লাইরবা ঐবু কাউথোকপিখিগন্নুকো।

সঞ্জীবক—নত্তে মরুপ, য়াইফনবা শিনবিরিবা মহাক অহুবু সঞ্জীবক্কী থবায়না লৈরিবমখৈ থক কাউজরোই।

—মৈ মুৎপা—

## ৪শুবা দৃশ্য

দরবারদা নিংথৌগী ফম্নাইবশিংগা রা ত'ন্নরি।

পিঙ্গলক—ফম্নাইবশিং তাবিরিব্রা, দমনক লমহুই হৌজিক ফাওবা হল্লক্রে। মতম অস্থম থেংজিল্লকপা অসিদা ঐ পুক্নি'সে নৈতাকম খণ্ডলক্রে।

কৈ—পিশক পিকপা শা মচা মানা অহুক তমথীবা শা অহুগী খোঙ্গুল লিবা চংপদি মখোঙনা খোংনা মনং থিজবনি ইনিংথৌ। মহাক্কী মরমদা থেংহনা খল্লুনিংঙাইবু-নৈত্রব্রা খল্লি।

পিঙ্গলক—করি রানো মন্ত্রী, অহুগুম্বা রাবু পনবা ঙৌ-ত্রা? নৈবাক প্রজাগী মহুৎ শিন্দুনা চংথিবা দমনক্কী জয় ওইনবা ঐখোয় খ্বাইনা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজকম খোকপনি। মহাক অপিকপা শা ওইজরবস্থ মথৌ? মরোশিং নৈবা লমহুইনি।

শণ্ডম—অচুম্বনি মহারাজ। ঐখোয় পুম্নমক্না কীনহুনা খোঙ্গুল লিবা চংলুবা ওমদ্রবা মফম অহুদা মরৈবাক মজাতিগী দমক্তা মথরায় থুবাক্তা হাপতুনা দমনক চংখ্রিবনি। মরম অসিনা করিগুম্বা মহাক হন্দক্কী মতাং অসিদা

ঐখোয়গী ইরাইবক থিবদগী শিখিবা থোক্লবসু সহিদ ওইগদৌরিবনি। অদুমা মহাকী মরমদা কত্তুনা খন্নবদি ঐখোয়দি কয়া পামজদে।

(মতম অসিদা মপালদগী "শ নিংথৌ পিঙ্গলকী জয়" কায়না হন্না হন্না লাউরকপা দমনকী খোঞ্জেল অস্তুম নকশিন্না তারকই। সভাদা তৌল্লিবা শ। পুম্নমক মাইকৈ অদোমদা য়ে নৈ। জয়ধ্বনি তৌহুনা দমনক চংলকই।)

দমনক—(নিংথৌ খুকমহুনা) মহারাজ!

পিঙ্গলক--শা অদু থেংনরক্লবা দমনক?

দমনক—থেংনজররক্লে মহারাজ।

পিঙ্গলক—মহাক অত্তকপা কংনা চাউ-শাংলিবনিনে?

দমনক—খনবিরিবহু অচুম্বমক্লি মহারাজ। শা অদু লাই মরক্তগী অথোইব মহাদেবগী শাদোং নন্দিশ্বরগী মচানুপা বৃষভেশ্বরমক্লি। মশা চাংমূক চাউই— অদুগা মহুগী মতিক মপাঙ্গলসু লৈ। মহাদেবগী য়াথং মভুং ইন্না মহাক উমং অসিদা লাকপা ওইরমাল্লে।

পিঙ্গলক-(কীনা) অদু ওইরে, অদুদি হৌজিক করি উপায় লৈ?

দমনক—করিগী চিংনরিবনো মহারাজ, ঐ ইনিংথৌগী বড় মন্ত্রীগী মচানি। ঐহাক ইপাদগী হেস্থবা মচা নত্তে।

পিঙ্গলক—মথা তম্মু তাসি।

দমনক—ঐনা মঙোন্দা মতিক চাবা পাউথুম পীরম্মী,— 'উমং অসিগী নিংথৌরেন পিঙ্গলক্না ওইরি। মহাক দেবী ভগবতীগী শাদোং পশুরাজগী মজা-ইবুংঙোনি। অদোম্না মহাদেবগী শাদোংগী মচা ওইরিবনিনা মহাক্না ঐখোয়গা মরি-মতানি। ঐখোয়গী নিংথোগা শর্কখঙ-মাইখঙনবা চৎলুসি।'

পিঙ্গলক—মচু য়ারকপর'?

দমনক—করিগী য়াদনি! অহুবু বৃষভেশ্বর রাজনীতি য়ায়্না চংখোম্না খঙই। 'নিংথৌগী য়াথং ফংদনা কমদৌনা চংকদগে? য়াথংবু পীরক্লবদি ঐ শোয়দনা চংকনি।' অস্তুম্না মহাক্না হায়রকই।

পিঙ্গলক—নঙগী লৌশিং অসি উবদা ঐ পেল্লে, মুংঙাইরে। অহুবু নঙোন্দা করম্না মনা পীবনা মতিক চাগদগে হায়বা খনকম খঙক্রে।

দমনক—মহারাজ, ননাই ঐ মনা পামহনা থবক অসি তৌজখিবা নত্তে। লৈবাক প্রজাগী থন্দুনা তৌজখিরনি।

পিঙ্গলক—নঙগী নোল্লুকপা য়াঙাং অসি তাবদা অমুক হেন্না পেল্লে। য়ায়্না কন-থৌরবা শাজাওশিংনা ফাওবা খুং থাবা ঙমজবা লৈবাকী অচৌবা থবক অমা নঙনা পাংথোকউরে। মসিগী মনা ওইনা মতম খুরগী মমাংদগী

হাংহনা লৈশ্রক্লবা বড মন্ত্রীগী ঈথসি মতৌপী লাপ্থোক্লবনি।
নপাবুং লোক্নাখিৎবদগী হাংলবা বড় মন্ত্রীগী তাংবদসিদা
ওসিদগী নহাক কমদরো।

দমনক—(খুরুম্হুনা) ইবুংঙোগী মনা-মাথং ইকোক নোঙ্গা লৌজরি।

(দমনক অহাংবা তাংবল মনাক্তা চংশিল্লগা লাইবক কৎলগা ফম্মী।)

পিঙ্গলক—(লেপখৎলগা) ঙসু বড়-মন্ত্রী দমনকী—(অহুম্লক)

(নিংথৌনা লেপখংপগা লোয়ননা সভাদা তৌল্লিবা শা পুম্নমক ফুক ফুক হোৎলি।)

শা মৈয়াম—ঙয়। (অহুম্লক।

(নিংথৌনা কপথোকখিবগী লোয়ননা শা মৈয়াম মাগী মাগী ফম্মুংদা ফৈম্লে।)

পিঙ্গলক—প্রথম মন্ত্রী, ঙসি দমনক লমহুইনা লৈবাক্তী অচৌবা থৌদাং অমা পাংথোকপা অঙ্গম্বা মহাক্তা বড মন্ত্রী ওইবা অসিগী মুংঙাইবা কোংদোকপা ওইনা হয়াঙ-কুমৈ তৌনবা নহাক্তা শিন্নু।

শাওম—কদি আঙা। অকা-মচা কদা লৈ?

(অকা-মচা মৈং অমা চংলকপা মতম মাংদা খুকতা লৈত্রানা মাথং ঙাইরে।)

শাওম—ইনিংথৌগী মাথং মীতুং ইন্না শক্তি লুচিংবদা হৌজিকমক মপু সনা-মাংদা জগোই কংলদবা মাদে হায়রু। অহুগা থেব লুচিংবদা ঈশৈ তৌরদবা মাদে হায়বা ইনিংথৌগী মাথংসি খঙহল্লুচো।

(অকা-মচা খুরুম্নগা থোকখি।)

(ঙাইহাক্তং লৈরগা শক্তি লাকপা অমগা অতোম অহুগা জগোই শাহুনা থোরকই। জগোই মওং—মথোয় অনি মরি চাম্ববা, মুংশিনথা উংতুম্বা হয়াঙ-তরাম্বা শাই। খঙহৌদনা কৈ অমা থোরক্লগা লুমহুনা লৈরে। তাঙা ফংবগা কৈনা শক্তি লাবা অহু শারাক ভমহুনা চিংহুনা পুখি। শক্তি অযোম অহুনা উপায় লৈতবনা চেক্তোক-চেনশিন ভৌনা লৈ। অহুগা মথংলেন শেংনখায়মবগী খাংভমদবা মৈচাক উংলি। লোইশিনবনা মহাক মথংলেন খায়ন-মৈচাক্কা ককঙাওননা থোকখি।)

(ঙাঙী অহুমক্তদা থৈব লাবা-ঈথোক কাংবু অমা চংলক্লগা লৈবাক নিংবা ঈশৈ থোগল তৌরে।)

পর্দা থাদবা

# অনিশুবা অঙ্ক

## ১বা দৃশ্য

হাম্নগী খোং ময়াগী উমংগী দৃশ্য অহুনি। কৈ অমগা কৈশাল অমগা বারী শাহুনা থোরকই।

কৈশাল— তাচৌ, উমং অসিগী চংনরোল থঙ্‌হোং হোৎলক্লিবা ফিভম অসিবু করি মতৌ হায়বহুনো? এখোয়গী নিংথৌ অসিবু যণজাও অহুগা ভীম্নখিবদগী হাম্নগী লিচৎ-শাজং থরুমখৈ হোংবগুম উই।

কৈ— হয়াওতোন, নিংথৌগী শাজং হৌজিক থরুমখৈ হোংবদা নত্তে, পূমহোং হোংখ্রবনি। যণ লাবা অত্ম মহা বৈষ্ণব ওইরমল্লে। মহাক্না ফম্মিন্নহুনা ধর্ম্মগী বা খন্ন-নৈনবা অহুগা পুজা-পাঠ তৌবদা নিংথৌ ঙাইহাক্রা ফাওবা শংথিদ্রে। মহৌশাদি নিংথৌনা শিকার অচৌ অচৌবা তৌরুবগা এখোয়দস্থু অরেম-অপা থরমখৈদি পীজরম্লিবা অহুনি। অহুবু হৌজিক্তি বৈষ্ণব অহুগা ভীম্নবদগী নোংমা নোংমগী হিংসা ককথহুনা হৌজিক্তি নিংথৌ

জীব হিংসা ভৌবা পুমখা খাদোকপ্রে। লৈবাক রায়েলগী শিন্না ফাওবা কাউপ্রে। লৈবাকী চৈঙাক পুখিরিবা মহাক্না মতৌ অসুম্না লৈবাকী রাখল খাদোকুনা পূজা-পাঠ তৌবদা লুপতুনা লম্বোইবগুম অসুম লৈরবদি ঐখোয় নোংমদি য়োকপি-খাকপিংবা মপী-মপা লৈতবা হায়বহু ওইহুনা চাবা ফংদনা কংশি শিনরগনি।

কৈশাম—রারিবদি অহুনিনে তাচৌ। শা ঐখোয়দি শা ওইনা হিংবা তাবনি। ঐখোয়না বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌরুহুনা করি কায়গনি! ইশাগী ধর্ম্ম খাদোক্লগা মীগী ধর্ম্ম লৌবদি মাং-তাক্লবগী মশক্তি হায়না শাস্ত্রনা লাউরি। অহুনা তাচৌখোয় উমং অসিগী অঙম-অথৌশিংনা নিংথৌগী রাখল শেররম্প্রিবসি চুমথোক্লবা হোংনবিত্রবদি থরা শোনবা শাহিং চাবা শা ঐখোয়দি উমং অসিদা লৈবা ওয়ক্লোইদৌরি।

কৈ—নঙনা হায়রিবহু অচুম্বনি। উমং অসিদা য়ারিবমখে হিংসা তৌদনবা নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না নহাল উমং শিন্না পাউজেল চংগ্রবনি। মসি থাংহুনা লৈবা ঐখোয় য়ানা থোক্লদৌরি। পুয়মক অসি মপ লাবা অহুগী থৌইনশিন্নি। অহুবু রাকংলুসি হায়রবশু চৈরাক কনবা লোংশা নিংথৌনিনা করি থোক্লগদগে চিংনদবা ওয়দে।

কৈশাল—মসিদনিমে লুরিবসে। খঙত্রেদা তাচৌ, ঈশ্বরনা ভগ্না অমা লাকপা হায়বহুনি।

(কৈগা লোয়ননা কৈশাল খোকখি।)

করটক অমসুং দমনক অতোপ্পা মাইকৈদগী চংলকই। মথানিমক চিন্তা পুনা উই।

করটক—ভাই, অপঙবা যণ অহুগা নিংথৌগা চান্নবা মরুপ ওইহনবগী মথৈ উরেদনা! নিংথৌ হিংসা তৌবা থাদোক্কুনা উমংদা কংবা উহৈ-বাহৈ চাহুখা হিংবা ভমগ্রে হায়বা খঙলিনিনে? অহুগা শা মরামস্থ হিংসা তৌবা খিংখিবনা হাহাকার লাউনরে।

দমনক—মহু পুন্নমক ঐস্ম খঙই। মসিগী মরমদা খল্লক্রিবা মতম কুইরক্লবনি। অপঙজাও অহুগা মরুপ শানরগা নিংথৌগী ফিভম অসি ওইরকনি হায়বদি কনানা খঙগনি! করে, করিস্থ খল্লুরস্থ। ঐনা মরুপ শানহল্লে, অমুক ঐখা থুগায়রগনি। মরিগুম্বা মহুবু ভমজ্রবদি ঐগী ইমিং দমনক কৌরুরগী অমুক কানস্রে।

করটক—তাও ভাই, মরুপ শানহনবদি লায়বনি, কায়নহনবদি অহুক'লায়না থোকনি নিংদে। মরু ওইনা সঞ্জীবক্তি অথোইবা পণ্ডিতনি অহুগা মপুকচেল ভঙ্গা লৌশিং লৈবা—

দমনক—(মরক থংতুনা) অহুগা পিঙ্গলক্কা থোইগোক্কা শাউগনবা অমদি তমথীনা হিংসা তৌবা নোংশ নি। মরম অসিমক্তুনা হিগায়-রা থাজিন্দুনা মখোয় অনি খংনহনবদা লায়দা থোক্কদৌরিবনি। মহুদা লৌশিং খরদি শিজিন্নবা তাই। লৌশিং লৈনা থবক তৌরবদি অরু-অরুবা থবক কয়াস্থ লায়না পাংথোকপা ঙম্মী। করিমত্রা চিংনদনা লৈয়ু করটক, ঐনা মখোয় অনি য়েংথিনহন্নবা শোয়দনা শিনগনি।

করটক—খংন-চৈনবা য়াউরোইদবা অগুহুম্বা লৌশিং অমা পুথোক্তুনা নিংথৌগী শাজং অসি কোংহনং কোংনবনা হেন্না ফগত্রা হায়না ঐদি খল্লি।

দমনক—মহু কান্নরোই। য়েংথিনহন্দুনা অপঙবা মণ লাবা অহুবু নিংথৌবু শারাক তমহন্দুনা হাংহন্নবা শিংগনি। মসিনি ঐগী অরেপ্পা বা।

করটক—মমৈদা মহুগী ফল করি ওইবদগে হায়বা তশেংনা লুই। অহুম ওইনমক নশানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈদি শোয়দনা ফংগনি। হন্দক্কী মপোক্কা নত্রবস্থ মপোক মপোক খুদিংদা নহাক মহুগী মখুংতগী নাম্থোকপা য়ারোই।

দমনক (শাউনা) নীতিশাস্ত্র মরিক অমত্তং খঙলম্নবদি নহাক্কা অহুগুম্বা বারেম অহু ঙাংলম্লোইদবনি। অনাব, অমদি য়েক্কবা হেনগংহল্লোইদবনি। মহাকথক্কী ঐখোয়গী

চিঙ্গাক ককথ্রিবনি, মহাক য়েক্লবনি। য়েক্লববু মাংহনবদা করিগুম্বা পাপ অমত্তা লৈতে। মরম অহুনা নহাকী বাহু ঐ ইনবা ঙম্লোই। খরদং মুম্না খম্বহুনা য়েংউ, অস্মুক ফবা তাঙ্গা অসি মাংহনবা চুম্বরা? অহুম্না তৌরবদি চানিংঙাই ফংদবগী অরাবা কোক্লগনি, অহুগীম্ম মথক্তা ঐখোয়গী ফম মম্বা চেংলগনি।

. . .

করটক—নহাক্না হায়রিবা পুম্নমক অসি ঐদি য়ানিংদে। শাস্ত্রনা হায়রি, খৎন-চৈনদনা ফজবা য়াহৈনা য়ানবা অমা পুরক্লবা শিন্দুনা থবক পাংথোক্লিবা মহাক অহু অশেংবা রাজ-মন্ত্রী ওইবদা মতিক চাবা মীশক্নি। অহুবু নঙোন্দা মহু হায়রুবগী ক্লামবা লৈতে। নঙগুম্বা পুকচেল শেংদবা অপঙবদা অফবা শাউত্তাক পীবদি নুংদা ঈশিং চাইব-গুম্বনি। নহাকী নত্তৌ অসি উবদা অফ-ফত্ত খন্দবা উরোক অমগী বারী নিংশিংলকই।

দমনক—বারী অহু লিয়ু, উরোকী করি ওইখিবগে তাসি।

করটক—অহুদি লিরগে তারো—"পাৎ অমগী ময়াদা হৌবা উ অমদা উরোক মহুম শাহুনা লৈরম্মী। মহাকী মরুমদগী মচা ওনবা কুইথ্রিবা মচা অনি অহু নোংমা খারো অমনা চাথোকখি। খারো অহু উ অহুগী উখাদা লৈখুল অমদা লৈ। মচা চাথোকগ্রবা অহুদা উরোক অহু

মথবায় লুংঙাইজনা পাং মপান্দা মখোঙনা তপ্না তপ্না চৎলম্মী। মহুদা বাইখু অমগা থেংনহুনা মহাক্না মাগী অরাবা বারী অহু তম্নগা কমদোরগা মচা হাংখিবগী লমন লিন অহুদা খুমগদগে হংলম্মী। অহুগী মতুংদা বাইখুগী পাউতাক মতুংইন্না উরোক অহুনা খৈরোই অমগী মথুলদগীনা লিন অহুগী মথুল অহু কাওবা ঙা মচা মচা থাদহুনা থম্লম্মী। খৈরোই অহুম্বু ঙা চানা চানা লাক্লগা লিন অহু হাংখি। মহাক্না হল্লমদায়দা উরোকী মহুম অহু য়েংখি। উরোকী মরুম অমুক কোক্লুনা মচা ওনবগা খৈরোইনা হাংতুনা চাখি। মতম অহুদা উরোক্না অক-কত্তা হান্নবা মুন্না থল্লগা তৌরম্লবদি মসি খোক্লোইদবনি হায়হুনা নিংঙমদমা তেংখা নাওইহুনা কপখি।" তমথীরবা লিম অহু শিননবা উপায়দমক থিরগা উরোক অহুনা মহুগী মহৈদি থলহৌদবগী দোষনি। মরম অসিনা মহাকী কত্তবা বাখল অসি থাদোকপনা কৈ মরুপ।

দমনক—মরুপ্না কনা হায়হুনম্ব ঐদি লেপপ্রবা কিরেপ থক হোংবা ঙম্নরোই।

করটক—নহাক্তি উরোক অহুগী মতৌঙুম উপায়দমক থম্লি, অহুবু মহুগী অক-কত্তদি থম্বহুনা য়েংদে ; অহুগী মথক্তা

নহাক্তি শাথীনা পঙলবা মীশক্লি। অপঙবগা মরুপ ওইবদগী পজিতকা য়েকুবা ওইবনা হেন্না কৈ হায়না শাস্ত্রনা লাউরি। অদুনা নঙগুম্বা অপঙবগা তীন্ন-তোংনদুনা লৈমিন্নবা ঐ ঙম্নরোই। ঙসিদগী ঐখো অনি কায়মনরসি।

[খোকথি]

## কৈ মুৎপা

## ২শুবা দৃশ্য

উমং মনুংদা উজাও অমগী মখোঙদা শা-নিংথৌ পিঙ্গলক মালা চংতুনা লৈ। মতম অসিদা দমনক চংলকই। নিংথৌগী মতৌ অহু উবদা মহাক্না খল্লকই।

দমনক—ঐনা মহালমখৈ ঙাইরকপা তাঙ্গা অহু ঙসিদি ফংলে। যথ লাবা অহুস্নু অথাপ্পদা শক্তিক চাবা চংথি। হৌজিক অচিকপা মকম অসিদা নিংথৌ মতৌমদা লৈরিবৈ তাঙ্গাসিদা হিগায়-রা থাজিল্লগে। ঙসিগী খুদোংচাবা অসি নাম্বোকপ্রবদি মতুংদা পাক কংদবা য়াই।

(দমনক পিঙ্গলকী নাক্তা চংশিল্লক্লে। মতম অসিদা নিংথৌনা মমিৎ পাংথোক্লকপদা মমাংদা দমনক নুংশুক-নুংজাননা লৈরম্বা উরে।)

পিঙ্গলক—করি পাউ পুরকপগে বড় মন্ত্রী, লৈবাক্কী খন্নগদবা করি লৈবগে ?

দমনক—হৌজিক কাওবদি থোইদোকপা করিস্নু অকায়বা থোক্তি। অহুম ওইনমক রাকম অমদি মাংজোননবা মুন্না খন্নহৌদবা য়াদ্রে।

দম ক—(ভুং-মাং য়েংলগা) মহারাজ, অয়োননবা য়কয়ি। অদুবু রাক্ষস অসি ওমগদবা—

পিঙ্গলক—করি য়াবো শেংনা ওম্মু, করিমত্তা চিংনরুম্নু।

দমনক—মহারাজ, সঞ্জীবক হৌজিক্তি মহৌশাগী নত্রে। অহাও অহাওবা শক্তিক হায়নৌ চাদুনা মশা-মউ য়ায়া ফয়ে, মপাঙ্গল য়ায়া লৈয়ে। অদুবু মহরাজদি শাফিং চাবা খ'দোকপিদুনা উহৈ-য়াহৈ খয়া চাদুনা হিংনবা হোৎনবি-বনা নোংমা'নোংমগী হকচাং ময়েং তায়রে, শোম্থরে।

পিঙ্গলক - মদুগী বা ওইরে! ঐদি নঙ লৈবাক্তা অরুবা বা খন্নবা লাক্লিবোই নিংউয়ে।

দমনক—নত্তে মহারাজ, অচম্বা রাক্ষস নত্তে, খন্নহৌদবা য়াত্রবা অরুব রাক্ষয়ি। মহাক হৌজিক—

পিঙ্গলক—শেংনা ওম্মু মন্ত্রী, মহাক করি তৌরবগে, করম্বা খুদোংথীবা নংলবগে?

দমনক—মাগী খুদোংথীবা করিম্নু খোক্তে অশেংবনি, অদুবু খুদোংথীগদৌরিবনি ইনিংথৌনি।

পিঙ্গলক—ঐ?

দমনক—অহোয় ইনিংথৌমক্লি।

পিঙ্গলক অওইত্রনে?

দমনক—অহনা হায়জরিবসিনি মহারাজ, হৌজিক থরা চেকশিন্না নৈবিয়্র। সঞ্জীবকী মওং-মতৌ উবদা হন্দক মরক অন্সি চিংনদবা ওমদে। মপাঙ্গল কল্লে হায়রহনা কত্তবা রাখল থনবা হৌরমাল্লে। ঐনা খোইদোক্লা চিংনজরিবদি মহাক্লা ইবুংঙোবু তাম্বোক্লগা নিংথৌ খুভম শিনগে থল্লমাল্লে।

পিঙ্গলক—হাঁ হাঁ হাঁ— মহ নওগী ওইখোক্তবা রাখলস্রি। মণনবু করম্বা মতমদা শা-মিংথৌ ওই হায়বা তাগ্রবগে ? ঐনা মাবু মূম্না থওই। কন্নিগুম্বদস্ মহাক্লা ঐগী মাংননবা কন্নিমত্তা তৌরোই।

দমনক—মহারাজ, ইপা-ইপু হাক্তকগী ইনিংথৌখোরগী মাইকগদবা অহুতনি ঐখোয়না হোংনজরক্লিবা। অরিবা মরুপ থাদোক্লগা অনৌবা মরুপপু অহুক হাক্লদি থাজবিক্লগনু। মশাগী মীবু থৌশাদবদগী চওরব কৌবা লমহুই অহুগী দশা অহুম্না তারগত্রা চিংনদবা ওমদে।

পিঙ্গলক—মহাক মতৌ কমদোনা কন্নি দশা তাখিবগে ?

দমনক—রাম্নী অহু তাবিনিংলবদি লিজরগে মহারাজ। “নোংমা মীচক-মীরাওখোল তাখিত্রবা অহিংদা চওরব কৌরবা লমহুই অহু মচিজাক থিবা খুদুং অমদা চংলম্মী। মফম অহুগী হুইশিংনা মহাকপু কোইতান তামরম্মী।

মহাক চেন্নবা বারক্তুনা মথৈথংদা অপংবা মচু থিংছুনা থম্বা কোম মমদা লোৎলম্মী। ছইয় ম অহূ চৎপ্রবা ভুংদা চঙরব লং শংনবা অপংবা মচু থিংছুনা থম্বা কোমচুদগী কাথৎলক্লগা অজলদা চংলম্মী। মকম অহুদা থেংনবা শা পুম্নমক মহাকপু উবদা কৌহুনা চেয়ে। মহু উবদা মহাক ওক্রম্মী। অহুগী মতুংদা মহাক্লা মশাদা হুন্থনা য়েংলুবদা মশা ’পুম্বা পুমশং শংলম্বা উরম্মী। মতম অহুদা মাপী থম্মোয়দা কওবা লৌশিং অমা কাওরকখি। মহাক্লা শা ময়াম কৌশিল্লগা ব্রহ্মানা মাবু উমং অহুগী নিংথৌ হাপ্পিহুনা থারকপনি হায়রম্মী। মাবু কৈবদগী শা পুম্নমক্লা চঙরবকী বাহু য়াবা ভাখি! ম তৌ অন্নুয়া মহাক উমং অহুগী শা-নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি। অহুবু অতৈ লমছইশিংনা মহাকী অশেংবা পরিচয় খঙখিদনবা চঙরবমা লমছইশিংবু মনাক থক নকহনখিদে। মহাক্লা মথোয়বু থিনা থিনা ওৎলম্মী। মহুনা লমছই পুম্নমক্লা মাবু নুংশিরমদে। লমছই হন্নুবা অমনদি চঙরবকী অশেংবা মশক খঙলম্মী। মজাতিবু য়েক্লুবশুম থল্লিবা চঙরবপু মতিক চাবা দণ্ডি কংহনগে হায়না লমছই হন্নুবা অহুনা থল্লকখি। অহুনা মহাক্লা লমছইশিংদা লৌশিং অমা ভাকপিরম্মী। থংনবা হুমিংকী নুংথিলদা শা ময়াম চোয়া তীল্লবা সভা ময়াইদা চঙরবনা ভাগ্নোইহুনা কয়ম্মী। মতম অহুমক্তদা থঙহৌদনা উমং

থক থক নিকপমখৈ লমছুই ময়াম্মা হৌদুনা খোংলকই। নিংখৌ শাদুনা সভা ময়াইদা ফম্লিবা চণ্ডরবস্মু মফম মতম কাউথোক্লুনা মখোয়গী মতুং ইন্না খোংলকই। মতুদা শা ময়াম্মা মাগী অশেংবা মশক খঙলক্লুনা মখু হাংখি।" মরম অদুনা খন্দুনা য়েংবিয়ুদো মহারাজ, ইশাগী মীবু খোঙইদবদগী করি দশা তাবগে হায়বা।

পিঙ্গলক -(রাখল তৌমা) অদুবু দমনক, ঐদি সঞ্জ বকপু করিগুম্বা মওংদস্মু থাজদবা ঙমদে।

দমনক—মহারাজ, ঐহাক উমং অসিগী বড মন্ত্রীনি। ইনিংথৌগী অমদি লৈবাক্কী য়াইফগদবা মরম অদু তাঙজবা ঐগী ইথৌনি। ইথৌদাং অদু ঐ পাংথোকচরে। হৌজিক্তি ইনিংথৌগী অপাম্বদু তৌবয়ু।

পিঙ্গলক—অদুবু মাগী লমচৎ-শাজং উবদদি চিংনবা ঙমদে।

দমনক—হন্দক উবিরগনি, মহাক্না লাকপদা মমিং অনি অদু ঙাংশং ঙাংগনি অদুগা লাম্হেংনবিংবগী মতাগুম খোঙথাং লুম্না লুম্না থাংলকনি। অদুবু মতমদুদা মানা হান্না লান্দারক্লবা খুদোংচাবা করিমত্তা পীবিরে ইদবনি, তাঞ্জা হেক ফংখিবদা মহারাজগী খুদোংথীবা শোয়দ্রবনি।

পিঙ্গলক -ফরে মদু ওইরসন্নু। কৈ মচা চাউমনবা য়েক্লগা মপু চাই হায়বদুমক থোক্লবা। কৈ, মহাক নোংশা নিংথৌ ঐগী ইভিক খঙহনগে।

—মৈ মুংপা—

## ৬শুবা দৃশ্য

চাপী-শীংনা ইশং শ'না হোৎ সঞ্জীবকী যঞ্জাবুং লমচাং অহুনি। সঞ্জীবক উরুমদা পে'থাহুনা লৈ।

সঞ্জবক—নোংশা হায়বসি মহোশানা য়াম্না তমথীবা শাহিং চাবা জীবনি। মথেয় কল্লি থৌই হায়বগী মতিক চাউথোক-চরিবনি। অহুবু ঐগী মরুপ পিঙ্গলক অসিদি কয়াদা ঈংখ্রবা, কয়াদা ভপখ্রবা, কয়াদা নোল্লুকখ্রবা, কয়াদা পুকচল শেংখ্রবা, কয়াদা মীনুংশি চাউখ্রবা! মহাক অসিগা অতৈ শাহিং চাবা ৬মথীবা নোংশাশিং অতুগা চা'দয়রুবা য়াবা নত্তে। মহাক হৌজিক নোংম' নোংমগী ধর্ম্মদা মপুক্লিং লুপশিল্লক্লি। মহাক্কী থৌমাগী মরুম থুপচবা ফংবনা ঐহাক উমং অসিদা লৈরিবা শাহিং চ'বা শা ময়াম মরক অসিদা ইনিং-ইথা তৌনা চংনিং চংনিংবা মকমদা চংতুনা শজিক অহাও অহাওবা খন্দুনা চাবা ফংলিবনি। অতুগা ঐবু অসিগুম্বা খুদোংচাবসি ফংহল্লিবনা লৌশিং লৈরবা মরুপ দমনক্কী মতেংদগীনি। মরম অসিনা নুংশিরবা মরুপ অনি অসিগী লমন মপোক অসিমদদা নত্তে, মপোক লাণ্ডোম কয়াদম্থু ঐনা শিংথম্নরোইদবনি।

(সঞ্জীবক্না বা ঙাংবা লোইশিন্নকপদা দমনক চংলকই। অদুবু মাগী মা তাবদা দমনক চপ লেপতুনা লৈ। মাখল তৌই।)

সঞ্জীবক—মরুপ্প্রিদমা! চংবিন্নকউ, চংবিন্নকউ, মাইকবিন্নিদনা?

দমনক—হোয়, মওং অমদা মাইকরি হায়বা তাই।

(অসি হায়দুনা দমনক সঞ্জীবক্কী মনাক্তা চংশিন্নকই।)

সঞ্জীবক—হন্দক মরক অসি মরুপকী শক উবা ইকং কংদবসিদা ঐ পুক্লিংদা মুংশা ইথি থিরম্লবনি। মমুপকা উন্নববা কংবদা ঐ মাম্না মুংঙাইরে।

দমনক—(শককম হঙ্জিন্দুনা) অদুবু ঐদি মরুপকী অরাবা পাউ পুরকই। মহ চিন অসিনা কমদৌনা পনসিগে খনকম থোক্লে।

সঞ্জীবক—করি পাউনো মরুপ, চিংনদনা হায়বিয়ু।

দমনক—মরুপকী মাংদা তমথীরবা খুদোংথীবা অমা থুংলরে। অদুনা চেকশিনহনগে হায়দুনা ঐ লাক্লিবনি।

সঞ্জীবক—করি তৌরবগে মরুপ, খুদোংথীবগী বা হায়বা লাক্লিবা?

দমনক—তন্নগে ভারো ঙসি অমুক ঐখোয়গী নিংথৌনা ঐবু উবমক্তদা হায়রকই, 'দমনক, ঐপা মরুপ ওইনা তোংন তীমবা অসিদা সঞ্জীবক মাম্না চাউথোররে।

হন্দক মরক অসি মানা ঐবু কাওবা কয়া থৌওই-
উশিংত্রে। অপঙবহু লোইশিনহৌদ্রবদি মারোইদৌরে।'
বা অসি তাবদা মরুপকী মকমদা তমহৌদবা মাত্রে
হায়দুনা ঐ লাক্লিবনি। নহাক হৌজিকমক উমং অসি
থাদোক্নুনা চেলহৌরো।

সঞ্জীবক—নত্তে মরুপ, ঐ চংলোই। মহাক্না ঐগী মাংননবা
করিস্নু তৌরকনি নিংদে। ঙাইহাক শাউদুনা পংঙাং
ঙাংবা ওইরগনি।

দমনক—ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি। হৌজিকমক চেলহৌদ্রবদি
নহাক অ রম্বদা নথরায় মাংদুনা তোকনি। হাংন-শুনদুনা
করি কায়গদগে ?

সঞ্জীবক—মরুপ, মসিগী রাকম অসিদি ঐদি মঙদা কাওবা খঙ্গে।
অদুম ওইনমক শিবা তারবদিনে মরুপ, চেন্নগবু
হিংগদ্রনে ? (রাখল তৌনা) করে, পোকপু পোক্লবদি
শিবা হায়বসি নোংমদি শোয়দ্রবনি। অদুদবু অমুক
কাপুরুষকী মতৌঙম করিগী চেনগদগে ? অথৌবগী
মতৌঙম লান শোকুদুনা থরায় থাবনা কৈ।

দমনক—নত্তে মরুপ, মদুম্না হায়গদু। খন্দুনা য়েংউ, পিঙ্গলক্তি
শাহিং চাবা নোংশানি, অদুগা নহাক্তি হিংসা তৌদবা
নাপী চাদুনা হিংবা ষগনি। মরম অসিনা নখোয় অনি

করিগুম্বদম্ব লাম্না পাবা য়াবা নত্তে। অহুনা ঐহাক্না হায়রিবসি য়াহুনা থংন-চৈনদনা মকম অসি থাদোক্কুনা হৌজিকমক চেনখ্রো।

সঞ্জীবক—ঐবু চেনখ্রো হাযবা ব্রাটৈ অসি মরুপ্না অমুক হন্না তাকপিরক্লগনু। শিবা কীহুনা সঞ্জীবক চেনখি হায়বা বদনাম অসি আঃ তুং ফাওবা লৈহৌরগনি।

দমনক—ফরে, ঐনা থাম্বদা য়াদ্রবনিনা নশাগী অনিংবহু তৌ রা। অহুবু চেকশিনগদবনি. শিঙ্গমক্না মমিং ঈ কানা নঙ্গে ম্দা য়েংলক্লবা অহুগা মহৌশাগুম ওরাম তরাম কেৎনা রা ডাংলক্রবা, মহু ওইরবদি থুদোংচারবো হ য়াগা খঙউ।

—মৈ লুৎপা—

## ৪শুবা দৃশ্য

স্থকং মন্থুংদা রাজ দরবার চোম্না তৌরি। অঙম-অথৌশিংদা নওনা উমং অহুদা লৈরিবা শা পুম্নমক তৌরি।

পিঙ্গলক—বড় মন্ত্রী, সভা অসিদা শা পুম্নমক শুমা তৌরব্রা ?

দমনক—শুরমারে ইনিংথৌ।

পিঙ্গলক উমং অসিগী অঙম-অথৌশিং অহুগা শান্নাম পুম্নমক পুক্নিং চংনা তাও। ঙসি ঐনা নখোয়বু খোঙচেকমিংতাং ফাওবা থাক্তনা কৌথংপগী মরমদি অসিনি, মোথা পোম্না হিংবা যণ অমগা তৌন্নরুবদগী ঐগী পুক্নিং রাখল হোংখি। ঐনা ইশাগী ধর্ম্ম থাদোক্লগা অতাপ্পগী ধর্ম্ম লৌহনা ইশাগী অমদি ইজাতিগী মাংহনবা ইশানা শিঙ্খি। অহুগা ঐদা নওনা অতোপ্পগী ধর্ম্ম অহু শান্নামশিংদস্মু চংতবা য়াদে হায়না অকনবা য়াথং পীখি। অহুবু হৌজিক্কি মহু পুম্নমক কান্নদবনি হায়বা ঐ খঙলে। অহুনা মহৌশাশুম্না নখোয় পুম্নমক হিংসা তৌবা য়ারগনি। অহুবু হামগী অখিংবা খরা লৈখিবহুদি কাউথোকপা য়াবা নত্তে। ঙসিদগীদি ঐখোয়গী য়াইদগী

য়েক্লবা ওইরিবা মীওইবগী য়ুমদা য়োকপা শা হায়বদি ষণ, ইরোই, শগোল, কামে'. য়াওনচিংবা পুম্নমকপু হিংসা তৌবদা অথিংবা লৈরোই।

(পিঙ্গলক্না ব্রা ঙাংবা লোইদ্রিঙৈদা সঞ্জীবক চংলকই। অহবু মাগী ব্রা তাবদা সঞ্জীবক চপ লেপতুনা তুম্মিন্না ব্রা তাদু-া লৈ। ষণ ইবোই পল্লকপমক্তদা ফি ফি কামতুনা শাউনিংবা উংলকই। পিঙ্গলক্না ব্রা ঙাংবা লোইরগা য়েংথোকখিবদা সঞ্জীবকী মতৌ অদু উবদা ফ্রং শাউরক্তুনা ঙংলকই।)

পিঙ্গলক—হাই মীনাইগী ধারা, তৌবিমল খঙদবা অপঙবা! নরমচং অহননিনে ষণ হায়বা জাত অসিবু মীওইবনা থবক কন্না শিজিন্নতুনা থিনা থিনা ওং-নৈরিবা। নঙ ঙসিদি কদায়দা লিংপগে য়েংগে।

সঞ্জীবক—নঙবু মকুপ্লি হায়না খল্লম্বসিমক ঐগী অৱানবা ৱাখলনি। নঙদি জীব হিংসাদা ময়াই কারবা নোংশানি। নঙনবু ধর্ম্ম হায়বদু মশক খঙবা ঙম্বা নত্তে। নঙনা ঐবু অয়ম্বা ষণ অমগুম্নদি খক খল্লুম্ন। মচিন তুম্না থৌরবা ইচি অনি অসি উরেদনা! মসিমা নঙগী মবুক অদু হোগাইতুনা হাংলগদবনি।

(মতম অনিদা সভাদা তীল্লিবা শা ময়াম্মা সঙ্গীবক্তা কোইশিল্লকুনা লান্দাগদবগী তোরকই। মহু উবদা পিঙ্গলক্তা খায়কই।)

পিঙ্গলক—কনানম্মু মাগী মশাদা খুং থাবা য়াদে। নখোয় মখোয়গী নকমদা হন্দোকউ। আততায়ী ঐখোয় অনিনা হকথেংননা লাম্থেংনবদা নখোয় কনাম্মু লানবাংলবা য়ারোই।

(শা ময়াম তুম্মিন তুম্মিন হন্দোক্লখি )

(সঙ্গীবক অমম্মুং পিঙ্গলক কদম তোঙ্গুনা চংশিন্নে, হন্দোক্লে। মতুংদা মখোয় অনি লাম্থেংনৈ। ফনা কুইরবা তুংদা সঙ্গীবকী মচিনা মচিনা পিঙ্গলকী মমিং য়েংথংবদা থিল্লি, ঈ থোকই। ঈ উবদা শাউরবা পিঙ্গলক্তা ভুং ভুং ভংহুনা চোংশিল্লগা সঙ্গীবকী ভকশমদা শাৱাক তম্মী। সঙ্গীবক তুই, অশোকপা মকমদগী ঈ হাথরকই। মখোঙ-মখুং ফ্রিং ফ্রিং কাউরল্লগা তুম্মিন্না লৈখি। মতমসিদা নিংথৌ মকম অদুদগী অশোকপা মমিং পায়দুনা থোরক্লুই। শওম, কৈ, দমনক অসিনচিংবা কয়াইবা খরা মাগী মনাক্তা চংশিল্লি। সেবা তোই, চেপ্পদুনা হিদাক লৌরুই। শওম্না হিদাক তোরগা কেঙ্গেঙ য়েংলি। তপ্পা তপ্পা চংতুনা পিঙ্গলক সনাগী

ফম্বালদা কাখৎভুনা কম্মী। মথৱায় কয়া ঢুংঙাইত্তনা উই।)

পিঙ্গলক—বড় মন্ত্রী, থবক অসি অকবা নত্রত্রা খল্লি। শাস্ত্রনা হায়রি. মরুপপু য়েংথিবা, তৌবিমল খঙদবা অমদি থ'জবা থুগায়বা মখোয়হু নয়ক তাই।

দমনক—ইচম চম্বা শজিক চাবা জীব অমগীদমক্তা ইবুং ঙাগী পুক্কিং অহুক ৱাবিরুবা হৌনদে মহারাজ। শস্ত্রনা হায়রি, থৌজালহৈবা নিংথৌ, চিঙ্গাক কারাম্বা ব্রাহ্মণ ঈকাই খঙদবী মুপী, পুকচেল শেংদবা মরুপ, লমচং নাইদবা মনাই, অহুগা চেকশিন্দবা কর্ম্মচারীবু করিগুম্পদসু থাজবিরোইদবনি। মরম অহুনা ইনিংথৌনা মহুগীদমক অহুক চিংনবিবা চুমদে।




র্দা থাদবা

## চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন্দা মনা ফংগ্রবশিং

**রঘুমণি**

১। অঙাঙ্বী পঞ্চ-তন্ত্র
২। লৈবাক্কী গাড়ী
৩। ভাগবতকী ৱাৱী
৪। পঞ্চ-তন্ত্রগী ৱারী খরা
৫। লমজিংবা
৬। কান্নবা ৱারী খরা ( অহানবা শরুক )
৭। কান্নবা ৱারী খরা ( অনিশুবা শরুক )
৮। উপনিষদকী ৱারী
৯। মরুপ কায়নবা
১০। কেশকী ফল
১১। মচিল-মৌপরা
১৩। তুলসী

**ইবোতোম্বী**

১। ইমাগী ইবুংঙো
২। মকু ইবুংঙো

**নন্দো**

১। বিজ্ঞান্দি থবক্তি
২। লমজিং বিজ্ঞান

**খেবলা খেবী**

১। খঙবদা কান্নবা

ফংফম :— খেবলা বুক ষ্টোর, মসজিদ রোড, ইম্ফাল